( নুংশিবা অমত্তুং )

পারা কয়া ফাখরে
বারী কয়া তমখরে,
লৌশীং কযা লৌরুরে,
মহৈ কয়া য়েংলুরে,
ঙম্না লোইনা কাউখরে
অরেম্বা লোইনা তাহৌরে।
তমলুদব লৌশীংনা হিংহৌরে
খঙলুদব লোনচৎনা থাঙহৌরে।
ঙম্না কাম্নদরে, ভুগোল ইতিহাস

ময়ায় চমখরে জ্যামিত্রি অলঙ্ক্যত্রা :
অহুধৈঙ চৈন্নাক কীহুনা কাখিবা
বারক লীচিং ইনখিবা ।
ছিংনবগী লানকমদা চঙগদব
খুজু খুৎলাইদি পায়হৌদে,
ছিংবদা বারক্লব পুন্সিনা
চংজগদব লৈকোলহুস্থ উহৌদরে,
খুরক হাংবস্থ লৈতরে নীংবকায়বদি
অরাবগী চৈথেং লোইবস্থ মরৈতে ।
থাংঙ্থক্তা কেন্নব পুন্সিনা
উরকই শুপ্নগী শক্তম অমত্তং
কায়হৌরব থমোয়সিনা খঙলকই
অমত্তংনি, মুংশিব কাউভমদ্রবা ।
লনথুম-মীংচৎ-হুরাউতয়াম
উফুলঙাক্লি পনছিরমদাহ
চান্নবী মহুাকতো কোবীরকউ—
লীরমগে বারী থরদং পেন্না
শরুমগে মহাক্তী ন'কোংদা
শোস্থরব খোস্থাংগী ইশৈসে ।

( নঙ ঐ পুনলশি )

লাও চংলকউ ইনাক্তা
    ক্ষমলোলাউ চিংনদ ঐগী য়াতাকম
নঙ অমত্তনি ঙাইরকপা
    থমোয়সিনা লেপ্পা লৈত কৌরীব ।

ঐগী ৱারীসে তারগা
    নীংশিংলক্কনি নহাকস্তু মথং মথং
পাউখুমলকউ নহাকস্তু হুংশিনা
    অম্নোংপা লৈত শামীম্নশি ৱারী ।

অতৈ নত্তে ৱারীদি

য়েকহৌবন্থুতনি থমোয়সিদা

ৱায়ে ৱানা খাঙজব

চাকলে চাক্লা নীংজব।

ঐঙোন্দদি ঙম্লা অরেম্বনি

থমোয়ম্থুংগী শৈরোল নত্তনা

থৱায় অনীনা লাঙতক্নব

লাল্লগে হোৎনরিব পনথৈ কয়া।

পুন্সিগী অর্থ কম্বিনো

ঙম্লবদি 'পুনলশি' অমত্ত ওইনা

নঙ-ঐ তোঙানবনু ওইথোক্কে

হায়রীব নত্তরা পুন্সিনা।

লম্বীছুদা তিংথং তুম্বৌ কয়ানি

ৱাংলব চীংজাওম্থু লৈরিবনি

চরাম্চদৎনরব থমোয় অনিনা

অমনা অমদা পুল্লগে তান্নরকপনি।

( অমস্ত ওল্লশি )

ফজবনা শুমহৎলে
লুংশিবনা ভাউহল্লে
অপাম্বনা ইনশিল্লে
হে শকহেনবী নঙবু ফংনব
থবায় মানা পিয়ে পোম্থা

থঙলে নঙবুদি
লাক্লয়ো থঙনব ঐহাকপু
নঙসে ঐগীনি

ঐসে নঙগীনি
মামীমৌদি তম্নম্বনি নোংদম্বনা।

ঐবু উনীংদরা
ঐনা নঙবু উনীংবসিগুম
ইপাউবু তানীংদবরা
নপাউতবু থৌরাংলিবসিগুম
মান্নদরা নঙ ঐ হৌজিক্তি।

মুৎথ্রনি মান্নদব লীশিং
মাংথ্রনি থেম্নরম্ব কয়া
তংথাইনি মপুম অমত্তগী
নঙ-ঐ, ঐ-নঙ পুন্দববু য়াদবনি
লৈশেম্বগী খুৎশীলনি, থৌরাংনি।

( থেঙনররে থেঙনা )

মপোকসিনা থিরকপনি
মপোক কয়ারক হন্না পোক্লুনা
মপোক সিদা থেংনররে
পুন্সি তংথাইবু চল্লকলবদা

ঐগী ধর্মদি মুংশিবনি
ঐগী হৌনশাদি থাজবনি
ঐগী খোল্লাউদি পুনশিনবনি
নঙনা করি য়ানীংদব চান্নবী।

ঙাইরম্লীবরা নঙসু ঐহাকপু
য়োংলী তারাগী মরকসিদা
মৈদা ইক্লবা সনাগুম
হেন্না লংহনগে মতাগুম।

থেংনপনি থাজরুদে নঙ ঐ
অগুম্না সমাজগী মীনোকমীচৈদা
থঙদে, থেঙনগদৌ লৈরদি
করিগী অশুক থেঙহনবা।

( ঐ অমসুং মেনকা )

হৌখি কল্পনা নাবা পুন্সি
চংখি যৌবনস্থ তৌফম খঙদা
কনাবুনো থিরকপা কনাবুনো ঙাইরকপা
কাইনথংদা খঙলে নঙতবুনি নঙতবুনি।

চংলুরে লমথৈ কয়া যানা
চংলুরে নারক উরক চংজফমনি খয়া
মঙলান কয়াদা মঙলাক্লক্লরে
দাগফম কয়া লৈহৌরে হকচাংদ।

উনরবনিনা কাওথোক্লো ঙয়া
চয়েৎনব তাইবংগী ওইদ্র-রায়ী
খঙনরবনিনা মুথৎলো ঙয়া
অয়ানব কয়া ইথিবদো থমোয়দা।

চায়বী নঙসে অপ্সরানি স্বর্গগী
শুপ্সাংয়াই পুবীনি মেনকা চাপ্সগুম
নঙবুস্থ কৌরগে ঐগী "মেনকা"
খঙনবা হোৎনরো থমোয়সে, মেনকা॥

( তীম্নদ্রব লম্মীগী খোঙবু )

ঙাইখো, ঙাইখোমি
নঙগী বাহু তোকখো'ব !
তাখো ঐগীবা হান্না
নঙনা হুঙনীংলিব কয়াদো
ঐগী বাসিদ ময়াউরমগনি
ঐগী বাহংদস্থু নঙগী পাউথুম
নঙগী বাহংদস্থু ঐগী পাউথুম।
হান্না তমথিগে ঐগী মঙলান
তাখোনে হান্না মেনকা,

মেনকা,
নঙ-গ্রী তিম্নত্রব লমথুংগী থোঙবু
চংলম্ব লম্বীদৈ থৈদোক্ল উনররে
নোক্লরি কনানা, কনানা চৈনরি
নঙগী থমোয়বুদি থঙবীদা।
মুংশিব
অশুক উপায় লৈতব
নঙগ্রী বন্দি ওই, থুংতা য়োহ্লিং চল্লবা
খোঙোইনরে মীরক্লা চেক্লু মলৈতুম মরক্লা
ইথেঙ তারে মায়থোং অনী —
চেম্বথরে লৈমায়য়ৌনা, পুল্লরগে মতাগুম।
ছায়রো
তমলো নঙগী বা,
মথাতাগে নঙগী য়াবা তারগা
নঙনা হংনীংব রাহংদি করি
করিনো মুংশিব হংগেরা
করিনো পুন্সি হংগেরা
হংনীংবতা হংলোনে তম্নীংবত তমলোনে।

## ( মায়ানি ময়া )

মায়ানা কুপলি
তৌশীন্নবনা থল্লি,
অউবত্তুস্তু চুম্লমদে
অথণ্ডবত্তুস্তু লাল্লম্মী ।
থঙলোইকো লায়না
ফাউরোইকো থমোয়দা
করিনো নুংশিব
করিনো অশেংব ।
ওইনরি, থৎনরি
শাউনরি, চৈনরি

য়েংনরি, মুক্করি
কায়নরি উনরি।
শিস্থগনি পিরাং
মিকুপ্তুং নোক্লময়গা
লেপলোই পিরাংদি
খম্বনাইরোই মুংশিবগী।
লেপ্তুনা ইরকলি
ইখিগনি লেপ্তুনা
ইশৈ কয়া শকলকলি
শকখিগনি অশুন্মক।
ওল্লকপা থাজগুম
ছোংলিব ঋতুগুম
শুর কয়া ছন্দ কয়া
থোরকখিনি নঙগীদমক।

( লাম্নাঙাই )

ঐগী থমোয়না নঙবু খোইদাজৈ
ঐগী মীৎয়েংনা নঙতবু মিত্তাজৈ
ফজবগী মবেম্মা শুমহৎয়াইবু পুরিবী।

নঙনা থাংব খোঙথাংদি জগোয় শাথেক্নি
নঙনা য়েংব মীৎয়েংনা লাইরাবু পুবনি
নঙনা নোকপা মীনোকতি ময়ায় কাবনি

ফজব-নীংথবি— শুমহৎপা পূম্নমক
নঙগী ইম্ন'-চরৈগী লৈতেংনি
নঙগী লৈতেংদি থমোয় চাম্মনি।

নঙগী মায়থোং, মায়থোংদা চিনবাল
নঙগী বাঙাঙ, বাঙাঙহুদা শুমহৎয়াই
ঐগীদি লাম্ন'ঙাইনি নঙগী পূম্নমক।

## ( শমজীগী লৈহাও )

নিজহৌগে নঙগী শমজীগী লৈহাও
থমজহৌগে লোম্ন-চেৎনা লাংতুনা
লৈশক্লা ফজবনে লৈনম্মা মুংশিবনে
মুংওল্লে থমোয় হাপ্লবে মুংশিইনোং ॥

অচম্বদি নত্তে থরায়বু পাল্লবনি
নঙগী শমজীদ লৈত্তেংবু ওইরুব
নঙগী শক্লোম্নি মুংশিগী থমোয়দুনি
লৌজহৌরে লৈহাওসে নঙমক্কি থন্দুনা ॥

ঙমীৎ খুদীং ফংগদয়া পামজব
হয়াউ হয়াউ খুঙোনগে খন্দবরা
লৈনাদি কংশ্রবন্থু চুহুনা লৈহৌগনি
ঙুংশিগী লৈনমদি থমোয়ঙুংদা অশুম্বক ॥

পকচৈদ ফজৈদা নঙনা লৈতেংব
চুনৈদা চানৈদা থমোয়গা লৈনমগা
পঙ্খব নাইরস্থু ঙসিগী লৈরাংনা
হয়েংস্থু লৈতেংনি অনৌব অমনা ॥

লৈরাং লৈহাওদি হোংবয়াই ঙুংতৌগী
লৈনমদি লৈঙুংশী হোংবদি মরৈতে
লৈনমহুনি ঙাউহনব থমোয়বু নৌহনব
চূশঙু চরৈদা কোকপানাইদ পুক্সিগী ॥

( নঙগী ব্রাহং দো )

নঙনা হংখিবদাই মুংশিব করিনো,
তৌফম খঙলক্তা হংখিবনি মুমীস্তো।
নঙগী ব্রাহংগী পীগে পাউথুম
খনখি থমোয়না ঙমথীদে চিনবালনা।

খুম্লগে ঙসিদি লেপলে পুক্লিংনা
অহিঙ কয়ানি তুমদনবু খল্লুবা
কনাগী য়াবাস্থ তারুব লৈতনা
ফোঙদোকে খল্লে থমোয়মুংদা ফাউরিব॥

লুংশিবগী লেঙম্নব খুদমনি তাইবঙসে
লেঙলী-পাম্লীব চৎলী-হিংলীব
লুংশিব নত্তনা মুৎথিনিদো ঙম্নমক
চৎলি হোংদনা থাজন্থু কোম্লৌন্থু ॥

তীম্নব য়াবমখৈ মশেল তীম্নব
নমথেকপা ঙমদ্রুনা অথিঙব লৈবখৈ
লম্বীহুদা হেল্লীমখৈ য়ৈথাই থীঙাই
হেম্না কম্না চীংশিনবনি লুংশিব ॥

লুং-পাল নায়ব তাইবঙদা
মপাম্থোংগী ফজবগা লকান্থুংগী থোম্থাংগা
পুম্লপ পুনথিহুনা চিংলম্নবদা থমোয়বু
শিথপ্রবোই মফাউব লুংশিবহুনি লুংশিব ॥

( সৈভ্যাতা )

লাউনে ক্ষুংশিবী
অঙকপা তাইবঙ্গী বাবীবু শাশি।
কলি কৌব যুগসিগু লোইপ্রমালে
করস্থ যুগ অমদা খঙদে গ্রৈখোয়না চঙলিব।
তাউনে চান্নবী
চাউখৎপগী মীংদা লমজেনবু তান্নব
মশীং খঙদ 'ন্যাক্লিয়ার' বমবু শাগ্রব
চাংয়েং কয়ামা .তীগ্রব ফোংনা কয়ামনা লোন্না
খল্লুনে অমুক্তুংদি
য়েক্লব কনাবু হাত্তুনা অকন অথোবু শাদৌন্নি।

করম্ব হীংচাব করম্ব মীওৎপা লৈবগে
অশুক ভমথীরব থৌরাংখু তৌরিব
হায়য়ুনে নংহাকস্মু
শান্তি মাংগ্রব মালেমসে উদবা
শোয়খিব থৌওং অমনস্মু তুমহল্লনি মীওইব
নাপলগী ইথক অমত্তুংনস্মু মাঙহল্লনি পুন্সি
থল্লবদা তুজুংগ্রা
অঙম অওস্ব হাৎনবা শেঞ্জনা চানবা
অকনবনা অচুম্ব অশোনবনা অরানব
করিমত্তা হোংক্রি সভ্যতাগী য়াউলদা।
কারিমত্তা পামজগ্রে
চাউখৎপা, পাঙ্গনবা, সভ্যতা
মমীংত মহোংব মপাম্বোংত ফজব
পোলোইদি থম্বদা নাপলদা ডাউরিব।
পাখৎলত্রা চান্নবী
মুংশিবনা অথোইবনি নুংশিবনা শান্তিনি
চাউথোকপস্মু লৈত্তে মীহৌবস্মু পকত্তে
'সিতনা শেমখিবনি তাইবঙ সিতনা অচুম্বনি
হায়য়ুনে চান্নবী
অরাবস্মু থাঙগনি রাকৎ অমত্তা তৌরুদনা
ওইজব খিবীকস্মু হুন্দোকলি কনা ১ গীদমক্তা।
ওইগনি শান্তি ওইগনি সভ্যতা ॥

( প.দ্রুনা চৎখি নঙবু )

নঙবু পুন্থনা চৎখি মানা
পীরমদে পাউখুম ঐগী য়াহংগী
চিংখি নখুৎ পায়হনা মান
উপায় লৈত য়েংহৌই পীরোইননা।

ঐগী থমোয়বু থুগাইরগে খন্দুনা
নঙগী লৈনাবু নৈহৎকে খন্দুনা
মীকুপ-নাহুমবু শেনবনি মানা
কলকচাউব মানি থমোয় পান্দবা॥

চিঙ্গাক হুল্লগা চরৈবু থোল্লগা
খুহুম চল্লে খন্নবরা পুন্সিবু
থমোয়বু খঙঙমদব নুংশিববু উঙমদব
তাইবঙ শেবাৎনব মানি তৌঙ্ঘা॥

হাদ মেনকা লাইবকচাউবী নহাকপু
হিংলীবরা অহুম হিংবগীদি মীংদা
থমোয় ঈচেল লেপখিনি কাউবরা
লাক্লো থোরক্লো মতম ওইত্রিবরা॥

( ব্রাশক )

ব্রাশক্রুশি চান্নবী থাদোক্লরোই পুন্সিগী
ঙল্লবদি নঙনা ঙমংলোই করিগী ঐস্থু
লাকশন্থু হোৌনন্থনা খুদোংথিব লীশীং
লেপকনি ননাক্তা অকিব লৈতনা

কনা তাদে কনা উদে থনগন্থু
মালংবস্থু উরি চেকপলনস্থু তারি
নঙগী থবায় ঐগীস্থু থবায়
কনা লৈবি অহেনবা শাক্তি ওইনব ।

মপোকসিত নত্তনা লাংওন কয়াদা
থাদোক্লবা লৈতা চংমীন্নশি নং ঐ
থাগ্রবস্থু থবায় মাঙগ্রবস্থু মীংচং
থমোয়সিদি নঙগীনি নঙগীদমক হিংবনি ।

ঙসি কৌব কোরৌনা লেপগ্রবনি
য়ারবোই হোংব মপোক মপোক্তা
হয়েং কয়া লাকসন্থ হোংলরোই ইবানী
হয়েংগু ওনখিনি ঙসি হোংলবস্থ হোংলরোই ॥

চিংনদনা উইথরো মিস্না থন্বালদো
মকা লান্ন থমোয়দো ফোঙলো চিনবালদা
বাহৈ চান্মনা নত্তে মীনোক অমত্তংনা
অমত্তা ওইব মঙলান্দা তূমলশিনে ঙসিদি ॥

( নুমিদাংবাই )

নুমীদাং ওইরে চান্নবী
থানিল মায়থোংনা মুনা য়েঙলক্লে
নঙগী নাপ্পদা ঐগী নাপ্পদা
পাউহংলরে— চেল্লীবনা নুংশি ঈচেল।

থাজবু উবদা নুংওল্লে
হায়ফম খঙদা ককণ্ডাউননা চংলে
নুংগু নুংভাই বাস্থ মবাই
উস্থ উরি নহাকপু উস্থ উদে ইমীংনা।

মালংবনা লীরি হুম্নরে
থাবল্লেগী লৈনম্না হাপ্লরে মৈচাক
চেল্লগে ননাকয়োনা থল্লে থঙহোদ
কপমীন্নগে উপায়-লৈত থাবলসিদ।

নুংশি মহাওবু তংলুরে
থক্ল থক্ল তেল্লক্লেদো খোঁরাংব
থাবলনস্থ কোকহন্দে মালংনস্থ ঈংহন্দে
চাক্লীবরা— পেল্লীবরা হায়কমস্থ খঙহন্দে

( শকথাওনরে থমোয় )

ঐগী ইশৈ কায়রব থমোয়গী
নওগী নাম্বদা নওগী চিনবালদা...
মহৈ য়াম্লে ইজরুব—শকচরুব
য়ৌগ্রমাম্লে পাউথাংসে নওগী থমোয়দা।

চংলশি লাক্লো অথাপ্প লমদম'মদা
লোম্থোক্তা থমোয়না রারীবু শারুশি
শকমীয়রুশি মুংশি ইশৈ লোইনায়দা
মায়হনশি থোঙথাং থমোয়গী তাম্থাগা।

মসিরা মীওই মপোক হায়নরিবদো
মক্ষম-মতম্বু নাইদনা তম্নবা মুংশিব
বসন্তগা শরতকা ইমানবু মায়রে
নঙ-ঐ খেয়রবা লীশীংমু মাঙখরে।

লাকলো চায়রী থুনা য়াংনা লাকলো
পুন্সিগী লম্বীদা থমোয়গীদি লীচিংদা
তুংহয়া য়েংগে থয়ুমুকো হৌজিক্তি
থংলীব চৌংজাউসে লালমীয়শি থুংশয়না

( ঐগী চাপ্মা নওগী তরা )

ঐগী চাপ্মা, নওগী তরা
ঐগী নিশীং নওগী চাপ্মা
ঐগীনা থবাম্মিচাক কোটি
নওগী থাজ—মদোম
ঐগীনা পুন্সি—নওগীনা তাঙ্কক-অমা।

ঐনা লিরি হুম্লীব মালংব
নওনা নোংমতং লাকপা পুর্ণিমা
খেন্নরে নও-ঐ হায়ররোই ঐদি
থাজগা মোংইনগা মৈরীগা মৈরানবীগা।

লেপত্রব ঈচেলনা ঐগী মীৎলূদা
নওগী মীৎয়েঙদা থোশাদব মতো
হৌনবীনি চৎনবীনি হায়গে মহুবু
মুংশিরুবনি ঐতনা ভাউরুবনি ঐতনা॥

( মায়থোঙ-পূর্ণিমা )

নঙদি থাজনি পুর্ণিমা অহিঙগী
অথোইব খুদোলনি খুৎশেমহৈব বিধাতাগা
লেঙদনা ঙাল্লি শুমহৎপী মায়থোঙনা
উরুব কনাগী চিক্ল'-থমোয় অত্থিয়াদা।

মুর' লৈচীন্না কুপশীন্নগে হোৎনব
মোমোনত মনোকপী পুর্ণিমা থাজ
নিংথীব ফজব অহোইনত্থম হেনগৎলে
চোইজাইনর' শম্নাংনা মায়থোঙদা তারব ॥

রাকৎচদে থাজদ খঙবীদে মৈচাক
ঙাউজরগা পেঞ্জরে মশুংলাংগী
মৈরানবী কনানা রাকৎথিবগে মৈরীদা
চাক্লগত পেঞ্জবনি নুংশিরুব মহৌশা ॥

( করি থোকনৈ )

নঙবু ঐগী কনানো
মীনা হংলগ করি খুমনি
করি থোকনৈ নঙ ঐ
ঐনা অশুক ঙাউজরিব ॥

চিনবালদ নোকমী তৌরীব
করিগুম্বদ নমীং শোল্লীব
করি হায়না খুমশিগে
হংলগ মরম ঐঙোন্দা ॥

করিগী হোংলিব পুন্সি
অহিঙদ তুমদ লেল্লীব
খুংথিলদ মঙবু মঙলিব
হায়রু করিবু খুমশিব ॥

( ঐদি ঙাউরেদো )

উদরে লৈঙমদে উরে খোইরাংই
করি লাইরানো অশুক ঙাউহনব
তাইবঙ শেবাংনরে ঙাউরে হায়নরে
নঙোন্দসু খোকপরা হায়মুনে মতৌসে।

অয়ুক নুংথীল লাক্লীংহুনত লৈরব
নঙনা লৈব লমদমদি লমম্নুংশী
নুমীৎ থুদীং চৎনীংহুনত লৈরব
নঙনা চৎপ লম্বীদি খোইদাব॥

কনাসু উদরে পাঙলবসু ইমীৎসে
থৎথরে মীৎমাংদ নঙগী শকক্মা
কনাবুসু খন্দরে থল্লম্বসু কাউথরে
নঙগী ওম্না ওইখরে ঐগী মপোক॥

( অশৈব নঙ অম্মা )

হে শুমহৎয়াই-পুব চাম্নথোইব
নঙগী ইশৈনা নঙগী শৈরোলনা
য়াকাইহল্লে নৌনা তুমথরুরব থমোয় ।

থম্ব লৈত্রব ইশৈগী অশৈব
নঙগী কলম্মা নঙগী য়াবানা
শাংকাইহল্লে নৌনা পন্থরুরব লৈরাংসে ।

হে সুংশিব থেঙনা লাকপ পাম্বা
পুন্সি তম্থাই হেল্লবদ উনরবেদো
করম্ব নোংদম্নো য়াচংবদা ঙাল্লকপা চীংখৈ ।

নঙগী থমোয় য়াবাবু তাজবদা
নীংশিংলক্লে লাঙোন কয়াগী মরি
তংপা নাইদ মপোক থুদোং পুল্লকপা।

হৌখি'-মপোকমদা থুংনখিদব
লম্মথাংদা কেমখিব পুক্নি শিন্থা পাঙত্রীডৈ
থমোয় অনীগী বাশক্পা থবাই পোম্থা ওনখিব।

নীংশিংহল্লে ভম্না নঙগী ৱারীনা
থাঙমীম্নখিব অচুডৈ চৈরাক চৈথেং অকনব
ইচেলকল্ল ইরোম্মুং থামোম্নখি থবায়।

পন্থোগী চৈরাকপু থাঙশিরা
পলেমগী য়াবাবু ইনশিন্না
লুংশি হৈনা নতুংবু ইনশিরা।

কাউরবরা ইনেম্মচাও
কনখিবনা লুংশি নঙগী লৌচীং
য়াইবী থবাইবু থামিল্লশি তেমশীংখি।

য়েকশলাইগী খারব মীৎয়েং
চৎনবী চেকপলনবু কোয়না খাঙ্রব
থবায় অনী ভনীক্পা মাঙখি তিনখি মালংদা।

( লাংচরগে লকানুংদা )

লাংচরগে লকানুংদ কনা উহন্দ
থমজরগে থমোয়দ কনা থঙহন্দ
মপোকসিংগী নীংজব মপোকমদ থুংজগে
নুংশিবগী লমথুংদি য়োঙমদনা য়োঙজগে।

বাই থঙনন্থু বাদয়ে মৈশা লাংবসে
মুংপ লৈত্ত চাক্লশনু নোঙলৈ নুংশীংঙা
উনবগী মঙজান্দা মোমোন নোকচগে
উনবথোক্লব মাঙথিবয়াই মঙলানগী কজবা॥

হোংব নাইব তাইবংসিদা হোংদয়ে নুংশিব
কুমওন কপ্পা ওনথয়ে পুক্লিংসু হোংলকলে
অয়েম্বানে মপোকসে মীনোক মৈশা লাংলব
লাংজোম অমসু ঙাইখিদরা নঙ-ঐ থুংনব

( আশা-নিরাশা )

নঙগী আশাদ হীংলম্ম পুন্সি
নঙগী মৈচাক্তা কেম্লনি ঙসি
নীংব কায়রব আশানা হুন্দোক্লব
অরোইব মীংকুপ্তা থীজরি নঙবু ॥

শকুম কয়াসে নহাক্না য়েক্লপ্পা
লেপ্তনা তেংথারি নঙবু কৌদ্রনা
পুন্সি লৈকোলদা থারম্ম লৈরাং
লৈমায়দ কেল্লে লৈশাং তমজ্জীতৈ ॥

লাইজ-ইরোম্নুংগী থবাই লেম্লেদি
করম্না হীংথিনি মৈশা থাঙহনা
নোংদোল লম্বীদা ঙাইরমখো ঐবুস্
ঙাক্লগে বাশক অরোই মীংকুপ্তা।

**পাপলা নুংশিব )**

নঙনা হংলীব বাহংগী পাউথুমদি
মপোক লাঙোন অমদ পীরগেকো
হন্দক্কী মপোক্কী থঙবীয়ু অরেম্বনি
বাজরবীনি থম্মা বারৌবীন্নুকো।

অতিয়াগা মালেমগা উনরিব মফমচুদা
চৎলম্লগে ঐহাক্তি ঙাইরম্লগে নঙতবু
তাইবঙগী মীবা মৈশা তাত্রব লমদা
নহাকপু নীংনা ইরাৎচরমগে ঐদি।

নুংশিববু পাপকী শক্তমনি থম্নরব
অশেংব থমোয়বু মনতীকনরব
তম্লরোই করিগু লমদমসিদদি
হায়নীংব কোঙ্গাই ফোঙদোকচররোই।

( মীনা ভাওনব তারগ )

মীনা নমীংবু পল্লগা
ঐনা করিগী তুজুংলিবা
নওগী বাবু তাক্করগা
ঐনা করিগী খাংওমজ্রিবা।

লোত্তুনা খমজবনি খমোয়দা
কনাসু খওহল্লোই খনজুনা
ভাওনখরে লীনখরে মীয়াম্মা
ইবানীগী বাসে শন্দোকখবে
করিবু থোক্লগব মতুং'সিদ
বাজেনে ঐদি হায়ফম-খওদ ॥

নোংমত্ত হংগেসু খঞ্জবনি
নওনা করিগী লিথোক্লম্বা
পেন্দব বাম্নৌব কয়াসে
তমগে ওইনজুনা নঙোন্দা
কুইরে লাকখিদব নহাক্তি
হায়য়ু করম্নবু তমগনি ঐনা ॥

( খুৎশমননা প্‌বীরো )

নঙনা চৎপ লম্বীদা
ঐবুস্থু পুবীয়্‌ খুৎশম্লনা
অবা-নুংঙাই অনীমক্কা
ঐবু য়াউচল্ল্‌ চিংনদনা ॥

নহাক্কী নুংঙাই-মীকুপ্তা
শাজগে জগোয় হৃরাউনা
নহাক্কী বারব-পুংজাশীংদা
শিন্থগে পীরাং লেপ্তুনা ॥

নোক্লশস্থু অউব মীয়াম্না
লঙনশস্থু কল্লকপা মখোয়না
খাঙজগে ঐদি নোক্তুনা
তাইবঙগী হৌনবীনি খন্দুনা ॥

( লাক্লদি মরাকউ ইনাক্ত )

কুইরেদা নঙবু ঙাইহ্নিব, চান্নব।
কুমশী-কুমওনসু অশুম্নক ঙাইখোরা
থেমজীনগে খক্রেবসু কপ্লিব থমোয়সে
চৈনীংব চৈরক্লো ঈনাক্তা লাক্লুনা।

মুংশিববু নোঙ্গরিব মীনোকশীংগী মরক্তা
থাঙকম খঙদা পুন্সিসে লেনখোরা
অহিঙ-মুংথীল থেম্নবসু খঙলকতরে
নোঙ্গগে নোঙ্গরক্লো ইতৌসে য়েংলগা॥

পুন্সিগী অরোইব চৈনাখোল ফংবদা
থারে-কৌবদি হায়রম্লরোই চিনবালদা
মৈরান-ওইব থরায়সিনা কেমখিবদা
নোঙ্গগে নোঙ্গরক্লো "মৈরী" নঙনা॥

( কপলিবরা নঙস্নু, মেনকা )

(চান্নখোইবী নঙবু খাঙলিবগে করম্না)
কপ্লিবরা নঙশু হো মেনকা
লমথুং-লৈত লম্বীতুদা লেপ্লুনা
ভাইরিবরা লাক্লরোইদব কনা ॥

মঙলান্নি খল্লবরা পুন্নমক্তো
নঙগী-ঐগী হৌগ্রব ৱারী
মঙলান নক্তে চান্নবী
মঙলান্দি মাঙখিনি কৈদোদা
হৌগ্রব খোদোকশীংগী মমীনা
খাংডমদ্ৰ চৈনাখোল পীরবি ॥

নীংশিংউনে নঙগী ঐগী ৱাশক্তো
'খাদোক্লরোই হিংলিব মথৈদি'
নীংতম্নব পোক্লবরা থমোয়ম্নুংদা
খনগ্রবরনে কায়হল্লগে ৱাশক্তো
য়েক্লবনা পল্লোন খাথরে
চৈরাক চৈথেঙ অকনব পীররে ॥

( তেনগ্রব পুন্সিদ নুংশিব )

কয়াদ তেনগ্রবনো পুন্সিসে।
করিশু তৌরমদ করিস্থু ওইরমদ
মতম ওইয়ে হায়রক্লনি হল্লশি
কাউগ্রব লম্বীতুদা অমুক চংলশি

কম্রিগী পোক্লমব মালেমসিদ
করিশু খঙদ করিস্থু ওয়্রমদ
তাইবঙ মালেমদ হিংলম্বনি নিনিদং
শারম্বনি য়াইফব, ইতাং কয়া উংলম্বনি।

নঙবু থঙনব কয়া হোৎনরুরে
থঙবদি মঙমদে থঙলবোইত নীংজুবনি
ঐবুদি থঙলরিনি থমোয়সিবুদি উররিনি
অশুক বানা উৎলফাউ উদ্রবরানে।

চান্নবী নঙ অমত্তনি থাজরিব
কাউথোকগ্রবসু পুন্নমক কাউঙমদে নহবুদি
চৎপ তারসু চৎকনি ঐহাক্তি
থরায়সিনা থাগোন্দুনা মুংশিবদি মক্রুব।

ইতিহাস কয়া শেমথি মুংশিবনা
বাথোক কয়াসু ওইনথি মুংশিবনা
হিংলিবসু মাগীনি শিববসু মাগীনি
মুংশিব য়াউদনা উদেকো তাইবঙ অমা।

( তোর্ব্বান অনী )

লাক্লো চান্নবী তোর্ব্বান য়াংমসিদা
লাল্লো ঈপাকসে নৌরেনদো পায়থুনা
থোক্তুরে পাঙ্গল ইখুংতেক্লা ঐগীদি
চৈনাখোলসে থাওথুনা নভতব্ ভাইরি ।

হোল্লকলো হিনাউদো ইনাকসে য়েৌনব
অকনব নোংলৈ হুমলক্লনি শোয়দনা
ঐনা লেপলিব লৈভোই— তোর্ব্বানস্থু
নীংখায়থ্রনি শোয়দনা মথওগী মীকুপ্তা ।

করিগীনো শীস্থরিব পিরাং লেপ্তনা
করিগী নিকলিব নখুৎ অনীগক
কুমথরক্লো ঈচেলসিনা হাক্লা কল্ল্রীভৈ
হায়জবসে তারগা য়োরক্লো ইনাক্তা ।

মঙলান ওইরবোই থল্লবরা থোদোকসে
সুংশিবগী চম্নফম লৈতরে লৌরবরা
অরোইব মীকুপসিদা পুল্লশি নও ঐ
অনৌব মপোক্কী খোঙশাল্লশি ইবানী ।

( য়েন্নীংথাদ ইঙা-ইঙেন )

মীৎলুদ কন্নিগী ইঙা-ইঙেন
থমোয়দদি লোইদরি য়েন্নীংথা।

অহিঙসিনা লোইথ্রগ পিরাংশু লেপথ্রনি
নোংদোন্দা কূপলগ্ন নোংগী মপৈ লোইনা মাঙথ্রনি
সুংশি পম্থুং য়োঙমদনা কেন্থ তারব
থাঙণ্ডুথকী মপোক'সিন্থ লোইথ্রনি।

চঙজফম লৈত্রব চোৎলব হকচাং
অঙৈংবন্থু ফাওদরে নোংজ্নগী অহিঙসে,
পিন্নাংগা তীন্নখরে নোংলিকন্থ মীকুপ্পা
থমোয়গী মৈশাদি অহোম্ননা তেনগৎলকলে।

( মী )

মী নত্তে ঐ মী মানবনি
নখোয়না থঙনরিব মী হায়বহ্ নত্তে
লিরব কোৎ অমা লীৎলি মল্লব খোঙ্গ্রাউ অমা শেৎলি
পৈশা য়াউদে ফুরীৎখাউদ ॥

চৎলি নখোয়গুম সড়কতা
খোঙনা চৎলি পম্বুং য়োনব
স্কুটর নত্তে, কার নত্তে, লুনা নত্তে
য়োরগ লোইরে চৎতবয়াদবগী চৎলিবনি ॥

কমলি চৌক্রিদা থবক তৌরি
থবক নত্তে থৌরেমনি
তৌফম্নু থঙলা পঙতৌ তৌবনি
শেল থোকপা সহী নত্তে তৌদব য়াদবগী তৌবনি ॥

য়েংউ ঐগুম্ব কয়াসে
সড়কী চিদায়দা উজাউগী উখাদা
থোংথাক্তুনা চারি, থকলি ; তুমলি
মীনি হায়না থম্নবীত্রবা মথোয়গা অমত্তনি ঐ ॥

তলব চারি চাব কোম্নদে
শৈরেং ইরি মমল লৈতে
বাব মথৈ বারগা কাম্নবদি মরৈতে
নথোয়না কান্নে ইরা বাদবমথৈ ॥

ঐগী য়ুম, য়ুম নত্তে
ঐগী ইমুঙ, ইমুঙ নত্তে
মতপু তীম্নদে বাখলবু মান্নদে
শেল য়াউত্রবদা ঐগী কনা লৈতে ॥

বাৎপ নাইদবদি অবাবশিংনি
মীরোন থঙলকপদগী বাবনা
পুন্সি তঙ্খায় য়োরফাউ বাহনা লৈরি
থুরকপু হাংদে দষাগী দষা ॥

য়ুম্বাল্লে থৎনরে. পোকলে শিরে
পোকপগা অরা অনা নংবগা মথং মথং
সংগ তৌরে মাঙজবত মথংব
হুংশিববু খঙউরে থমোয় কায়নবত ঙইরম্ব ॥

নখোয়গী খোঙথাং ইনডমদব ঐবু
শাম্নপোৎ ওইনা লংখোক লংশীন শাম্নবীরে
তলবপু ফংহন্দা মীংচৎপু য়োন্দুনা
থাঙব মথৈ খাঙলে মীবু মানব ঐনা ॥

অশেংবনি তাকলুই মনোকই
অচুম্বনি অফবনি উংলুই মনোকই
পঙইদা ঐসে মতৌকপু চাদব
মীবু শাম্না হিংবসে মীবু মান্দনা শিদোরি ॥

( অনৌব মপোক্তা )

পুৰীরো ঐবু অনৌব মপোক্তা
থাঙব ঙমদয়ে পুন্সিগী চৈথেং
মায়থীরব ঐদি লম্মাংনয়ে ইথস্তু
হনফমস্থু খঙদয়ে চঙলুরব লম্বীসে।

হরাউ-নুংঙাইগী মীংকুপ অনীদং
মালেমগী লৈকোন্দা নোক্লূয়ে ঐস্থু
কপ্পবত হিংবনি খঙলক্লে ঙসিদি
থাজবপূস্থ মাঙথয়ে অরেম্বঙাক ওইরক্লে।

মীনোক মৈশা লাংলব পুন্সিবু
লাইবকফব কয়ানা য়েংলগা পেম্মরি
থেমবীরম্থু অমুক লোনম চিরোঙনা
লানথয়ে পনথৈ খাঙঙম্বা থমোয়গী।

( ওইরোইদব মণ্ডলান )

নঙবু নীংশীংত্রব কনাগী মকমদা
করিগী ফোঙলুরি নঙগী বাকং
নঙবু থঙবীত্রব কনাগী মমাঙদা
করিগী উৎলুরি কায়রব থমোয়।

থুমজীনগ্রব লামায়দো অমুক হাংলুরমু
নঙতনা ইথিবনি নঙতনা মুৎথৎলু
লম্বীদা তারব খোঙ্গাউনরব নাচোম
কনানা চিনগনি থুনগত্তুনা নাপ্পদা।

অরাবগীনা বানা মুংঙাইবগীনা মুংঙাইনা
মীৎকুপ-পুংজা হৌথিগনি, হৌথিগনি পুন্সি
তমলমত্রবনি মুংঙাইবদি লাইবক্তা
করিগী লুপ্লীবা ওইরোইদব মণ্ডলান্দা॥

( খুঙলে লোইনা খুঙলে )

মেনকা, খুঙলে ঙসিদি খুঙলে
সংসারগী চৎনবী মালেমসিগী চৎনবী
খুঙলে, নোংমদি শোয়রোই নঙ ঐ কায়নরগনি
থৎলীব পন কয়ানা থাইদোক্লরনি নোংমদি
থুংনব, নঙ ঐ থুংনবগী রাদি খুঙদে
খুঙদে থাজদে থাজবসু ঙম্লরোই
নীংনবত ঙায়হৌরে থমোয় অনীদি
থরায় মশেল লাংতক্লবত ঙায়হৌরে
কায়নবদি শোয়দরে লাপ্নবদি শোয়দরে
মচুনি পাম্লীব সমাজনা, চৎনবীগী কুয়োম্না।
নোকলো হরাউরো ঐখোয়গী পিরাংদা
শকলো ঈশৈ শারো জগোয় ঐখোয়গী মোংফমদা
হয়েং শিনি খুঙলগা করিগী চেনগনি
শিফমথোকপনি শিরনি
চেন্দুনা হিংলোই লোৎতুনা য়ারোই
তীম্নরসু তমগ্রব উনরসু য়েকগ্রবা
কায়নরনি মেনকা কায়নরনি ইবানী।

( নিঙমদনা লোইখ্রদরা )

পুন্সিসে অশুম লোইখ্রদরা নিঙমদনা
হিংবগী অর্থস্থ খঙঙমদনা চৎলদরা।

লোয়না হোংগ্রে মুংশিবস্থ হোংগ্রে
ঙমনা ওনগ্রে, থমোয়হুস্থ হোংগ্রে।
মহৌশাগী পোত্থাফম অতুংগী চঙজফম
উনা-উনা উখিদরে মীৎমাঙমক্তদা লোৎখরে।

খাঙঙমদা পূক্লিংনা চৈজখি কয়াবক
থেমজীনব ঙমজদা শেগায়খি শক্তম
অঙাউবনি নোক্সরে ফক্তবনি শোম্নরে
মরম করি লৈবনো হংবফাউ হংবীরমদে॥

( মম্মিং তরা নুংশিব )

নুংশিব হৈরুরে মৈচাক ফংনব
অপাম্ব খঙলুরে থমোয় কায়নবা।

কনাগীনো মরালসে তাইনফম খঙদরে
চৈরাক চৈথেং ফংলগা কপচরে ইথন্তু।

থুংনবগী আশাম্থ উদরে মপোকসিদ
লেমহৌরীব পুন্সি করম্নবু হিংশিব॥

মালেমসিদ নুংশিবগী চংজফম লৈতরে
থমোয় খুদিং হুগী ঈচেল চেনখরে॥

অহুঙৈগী থমোয়দো য়েঙ্হৌবৈগী নুংশিব
পামজরুবত মঙায়রে শোন্নবত মওইরে॥

## ( থুংনব-কায়নব )

থুংনব হায়রবনা করিনো কায়নব হায়রবনা করিনো
তোঙান তোঙন লৈনরম্থ হকচাংনা পুনবত্থুরা থুংনবা
তোঙান তেঙানব মফমদগী মফম অমত্তুদা লৈবত্থুরা থুংনব
অমুক পুনগ্রগা করিগী অমুক থাইদোক্লরক্লিবা
থুংনগ্রগা করিগী মশেল য়ানরক্রবা মশেল থংনব

তাম্না লৈনরি-মথৈ কৌনরবা কায়নব, থুংনদবা
ইনক নক্না থাপ্নরবা, থমোয় মশেল খঙনদবস্থু লৈরি
লৈমীম্নদব য়াদে লৈমীম্নব, করম্থ মখলনো থুংনবগী
লাপথোক লাথোক্লগা থোয়নাহেম্না নকশিম্নব
কুইর কুইরগা লাইমন ওইরকপা চুংশিবহনা করিনো

লৈমিন্নবতনা নক্তে থৌংনব থাপ্নবত নক্তে কাইনব
পেন্না হায়গে লাউগে ঐহাক্তি অচুম্বসে থঙনবা
থমোয় অনি শকথঙনরবা অমত্ত গুইগেবু তান্নরবা
কোরোইদরা মত্থবু থুংনবা হকচাং অনি থাপ্নরবসু
কায়নবনি হায়নীংই থমোয় তিম্নদ লৈনিন্নবদো

থমোয় অনী পুনবত্থনি থৌংনব কাইনব লৈত্রব থৌংনব
মুংশিব কোবা লংলানা মফম মতম নাইদা পুল্লীব
নক্লে নক্লা পুল্লিব থাপথ্রে থাপনা পুল্লিব
অতৈ অমা লৈতে মত্থদগী হেনবা থৌংনব কৌনীংঙাই
চিংথোক্লগা মপাঙ্গল হেনগৎপনি মুংশিবা মাগী লংলা

( চিনিচম্প্রা )

কাউরবরা প্রেম
অচুবৈ ইভাঈঙেন নোংজু মরক্তা
নঙ-গী নোংবু থ্বপনীম্নখিবা
চম্ন-নঙগী শক্তমদো
তয়াংব চিন্দুনা লীখিবদো ৱারী কয়া
হাংতুনা থম্বগুম উথি থমোয় নঙগী ফজবা।
ঐগী ৱার-মতমদা
অঙম্বা তেংবাংগে চোংথোকপা,
ঐগী মুংঙাই মীকুপতা
কবি-কল্পনা কয়ানা শুমহৎপদো তত্তনা।

নঙগী ঈশৈদো
ঐগী থমোয় শকথঙলব শৈরোলদো
তোয়না তাহনবিখি খাঙমদ্র'তাঙ্গাদা,
ঙাইজখি ঐনা পলেপফম থঙদনা।
নোংম হংজখি,
ঐবু লংনরীবরা ঐবু চাকহল্লিবরা
করিগী হায়দবগে মুংশি হায়না,
মহুত্তং তাজগে কুইরেদা ঙাইরকপা।
নোকখি নোকখি তৌখিব
প্রেম নঙগী চিনবালনা।
ফোংদ্রবস্থ মুংশিবদি অহুম খঙবনি
উদ্রবস্থ লৈশক লোৎপ য়াদে চিনিচম্প্রা
থমোয়মুংগী মুংশিবস্থ লৈনম চাউবী লৈরাংগুখনি
লৈনম তারবদা লৈশক ধীরকপা
চানবী নঙগী শমজীদা থেৎচরগে ইখুৎনা
মুংশিব কৌব লৈরাংসে—
কাউদরি প্রেম অহুইঙগী নঙগী ৱাহৈদো।

(থ্বাবলাদ)

থাবল-অতুডৈগী থাবল
অহিঙ্‌ অতুডৈগী অহিঙ্‌
ফাউরক্লে থমোয়দা অতুডৈগী মৈচাক
নঙতনি ৱাংলিব
ঙসি অহিঙদ ॥

তারমদাইগী থাজনা লোন্না উখি
নঙগী নাপ্লদ লোন্না
ফোঙজখিবা থম্মোয় ।
করম্না কাউগনি
অতুডৈগী ৱারী
নঙগী মীৎঙ্গাদা
উজখি মুংশিবগী শক্তম ।

ওমচাক্লবা লকান্নুংগী মৈরী
অস্তুম মৃৎপা ঙাইখিদরা
নিংশীং নিংশীংতুনা
লীজবসে অতুডৈগী
হৌগ্রবা ৱারী
নঙগী নাপ্লদা য়োরবোইদকো চান্নবা ॥

( কায়নব হায়দুরা )

ঐদি কাউঙমদনা লৈরি ঙসিন্থু
নিঙমদ্রব পুন্সিদো নঙগী ঐগী
মপোকসিমদি কোকনি নিঙদরে
কায়রব থম্মোয়ন থাঙখিব চৈনা।

মীংশিংদ্রবস্থু নহাক্তি থম্মোয়সিবু
কাউরম্লগনি খনগন্থু নঙবুদি কৈদৌঙৈ
ঙাউর' — নহাগী পুন্সিদা থেংনখিব
থাংঙমদ্রব—থুখীবদো মুত্তরি মমি।

তীন্নদ্রব লমথুংগী লমথাই য়োৌরক্লবদ
পাঙ্গল-থোক্ত কপমীন্নখিব নঙ-ঐ
কায়নবনি হায়রগা অশুক নকশীল্লব
কাউগে হায়বা নোংমত্তবু ঙমদব॥

( নোংজুগী ইরীক উবদা )

নোংজুগী ইরীক্তা করিগী কপ্লিব
মাগী থম্মোয়নদি করিস্থু খঙবীরোই
এগী মীৎলুদস্থু করিগী পিরাংনো
মাগী মীৎয়েংনদি করিস্থু উবীরোই।

নোংজুগী ইরীক্তা নোহৌননা লীররি
হৌগ্রব রারী মুংওনব থোদোক
ওক্লে খাংওমদরে তোক্লো তেংথাব
এনা কপচবদা য়াওরম্মু নহাকস্থু।

অখাক অরাউনা তোইনা থংহনবদা
নথাম্নুংদা চেৎনা কোনবীখিবদো নঙনা
করিগী উহল্লীবা মূৎগ্রব শক্তমদো
ঐগী মৈচাকসিদা মাগী মীনোক্তো॥

( নঙগী ৱাশক ঐগী থাজব )

লাকনি ৱাশকথি কয়াৱক নঙনা
কুমজা অমা ওনথ্রফাউ লাকখিদে ইনাক্তা।

হৈন-লীচং ওইৱম্লে নঙগীদি ৱাশকপা
থাজরুই ঐনা থাজগনব— ইহৌশা।

থাবুম কয়া হৌথরে ঙাইবদা
ৱাকং কয়া তমজখি অহাংবদা।

কনাবু ঙাইরিব হংজখি ইথন্ত
ঙাইজরুবনি ঐনা মীনবু নোক্নব ॥

হৌথরে পুন্সিসে হল্লকপা লৈতনা
নঙগী মৈচাক্তি লৈহৌরে হোংদনা।

নোক্নরিনি নঙনা ঐগী অশোনব
থাজারাই মঙমদে ৱাশক্তি অৱানব ॥

( লম্মুক্নরবদা )

কপহল্লে নঙনা অঙনব পুন্সিদা
নোকপফাওঁ হৈত্রিবৈঙে মপুং ফানা

শিন্থহল্লে পিরাং ইঙা-ইঙেনগুম মীৎলুদা
য়েন্নীং থাফাওঁ লোইত্রিবৈঙে থম্মোয়হুংদা।

পুন্সিগী লমথুং ওইহৌরে কাইনবনা
মঙফাউনদ্রিবৈঙে উনবগী মঙলাননা।

কনাগী মরালনো পাঙ্গলস্থ থোক্তব
চৎথরে নহাক্তি থাম্বস্থ নংহৌদ।

মহাক্কী লম্বীদ নিঙাইদা লমজীংখিব
লমথাই থঙদ ঐহাকপু লম্মুক্রইনব॥

করম্ব ঐগী ইরালনো ৱারৌখিব
থাঙফম থঙদ থম্মোয়বু ঙাকহনব॥

( মনুং মপাল )

মীনথ্বনি সংসার
তৌশিন্নবনি তাইবঙপাল
থাজনীংঙাই লৈতে পূম্নমক ।
মপাম্তোংদনা অমা
মনুংদনা অতোপ্পা অমা
মনুং মপাল লৈতে মান্নবা ।
মপাম্থোংদ নুংশিলৈ
মনুংদদি মীকুপ্তবু নুংশিদে
মাগী শাহুনা লৈন্মীম্নে পুন্সি ।
মাগীস্থুনি তৌশিন্নবনি
ঐগী শক্তমতবু কল্লকপনি
হোৎনদে নোংমত থম্মোয়সিবু খংনব ।

খুহুম চল্লে খন্দুনা
তাকনি অফ-ফত্ত অচুম-চুমদা
ঐগী খোংথাং খুদীং য়েংগনি মানা ।
চুমলে ফরে হায়বদো
নোংমতম্ভু ঙাক্কে মহাক্কদি
চৎলুই অরানব লম্বীদ চিংনব লৈতে ।
তিন্নক্রব থম্মোয়গী
লমথুং খঙক্রব পুন্সি লম্বী
খঙদে কৈদৌঙৈ লম্মাংনব্রগব ।
মুংশি খঙব মহাক্কো
ঐগী থম্মোয়বু মশক খঙবীবদো
হায়নরি য়েক্কবনি সংসারসিনা।
কনানো অশেংব
কনানো মন্নুং মপাল মান্নব
থল্লে সংসার মীনম্বা তৌশিন্নবনা ।
অরানব চৎপা মীতনা
পাউতাক পীরি অচুম্ব তৌ
মশাগী মীনম্বহুদি হম্বনবু য়েংলুদে ।

( লূহোঙবদা )

১—ইতা, নঙগী লুহোংবদা
খঙদ্রে কপকদরা-নোক্কদরা
নঙগা কায়নরনি কপনিংই
শাগৈগী মৌ ওইগ্রনি হয়াউই।

২—পুন্সিচুপ্পা ভাইরকপদো মসিরা
মঙলান কয়া মঙখিবদো মসিরা
লুংশিমকাদি য়োদনা ঐদি
লমলানব কনাগীনাক্তা চংলেদো।

নোংদমথিবী মুজাগীদি মপোকসে
হিংবগী মহাউ ফংলরোই, ইতা
নোঙ্কবীরনি পিরাং শিন্থজবফাউ
শিশি শিঙমদ লেল্লুরনি পুন্সি।

কাউবন্থ ওল্লরোই মতম্না হৌগ্রগা
লৈপুন ওইশি শরি-পদোম্না
মাগী মকাদা কংগ্রব থম্মোয়
পাম্মু মাবু মপোকসিদ ফংলরোই।

ইতা নহাক্তি লৈহৌখো'সিদ
কাউথোকপীয়ু লাইবকথিবীগী বারী
মাবু উরগা হায়বীয়ুকো চান্নবী
শিগ্রবনি মাদি মপোক অমদ উনশি।

( পুকচেল হোংগ্লবরা )

হংলদরে ঙসিদি ঐগী অল্লা নুংঙাই
নোক্লগে লেপ্লবরা ঐগী পনশীরগদাই ॥

নখুৎমক্লা শাগৎলম্ব আশাগী দলান
করিগী তাহল্লীব অবেশ্ব মঙলান ॥

পিরাং শীন্থবস্থ য়েঙঙগদে হায়রদাই
করিগী কপহল্লীবা পীবিহুনা বিদাই

উদ্রগ ঙম্লবা অহুক লাইনা কাওথোকপ
করিগী হায়রম্লী ঙাইরম্মু লাক্লীফাউব ॥

কেম্লনি প্লান্সিদি নঙনা য়োরক্লীডৈ
মৈরী থোক্লানি মৈচাকসিদি খঙবীদ্রীডৈ।

( থাজবীদব )

থরায়গী পোন্থাদা বাশকচথিব
চৎথরে মহাক্তি থাজবঙমদনা।

হল্লক্লরোই হায়রম্ব মহাকঅদো
হল্লকলি করিগী তোয়না বাথলদা
মীচিক-মীরাউখোল তাদ্র—' অহিঙদা
চৈররি করিগী বারোরব থম্মোয়বু॥

কীজরুবনা মীনোক মৈশা অকনব
শীন্থজব ঙমজদে ফোংনা পীরাং
মৈচাকসিদি অশুম থম্মোয়মুংদা
ওমচারুনা করিগী চাকুনা লৈরিবা॥

( কৌরবগুম তারী )

অথেঙব অহিঙ অচীকপ তাংলোঁদ
কৌরক্লম্ন অমুক মুংশিরবা খোম্থাংদ
নঙনা কৌড্রিডৈ য়োঁগ্রবনি থরায়দি
য়োঁখিব মীকুপ্তগী হল্লকপমু লৈতদ্রি ॥

হিংলিবরা শিরবরা হায়কম থঙদরে
হকচাংনা পোম্মুংদা থবায়না ননাক্ত
নোকস্থ মনোকলি কংলব মায়খোঙদ
নোক্তবমু য়াদবনি থম্নুংদ কপ্লবফাউ

মীংচৎখীব ফংনবা মীনোকমৈশা নংনব
খোম্থাং য়ৈনা কৌবরা খেঙল-তাংলোদ
নঙগী খাঙঙমদ মৈচাকতো চাক্লশম্নু
য়াউরিবনি মৈরক্তুদা ঐস্থ লেঙদনা।

নঙগী থবায়না
কৌরগা তারিবরা নাপ্লসিদা
উবফংদে চেংলোদি খোঞ্জেলদি তারী
নতুংইম্না লাক্লগে লানঙমত্রব থবায় নঙগী
হুঞ্জেক্লম্মগে পূম্নমক কাম্নত্রব হকচাংগী।

( ৱাহনবরা/নুংঙাইহনবরা )

নঙবু ঐগী য়েক্লবরা
নত্রগা ঐগী চান্নবীরা
ঐবু অশুক ৱাহল্লীব
করি হায়য়ু হায়বগে।

উনীংবনা ঙাউরবা চেঙলৌদো
উজহৌগে খন্দুনা লাকচবনি
উশিন্নদ নঙনা লেনবদি
করিনি হায়না খল্লুগে।
ইপাওবু তমগে নীংজব
থম্মোয়বু কায়না হল্লোরা।

হৌখিবদ হুংশিব শাৱল্লগা
ঙসিনা য়েক্লব ওনথ্রবরা
উদনা লৈঙমদে হায়খিবদো
ভায়োননা তাক্লবরা ঐতনা
মীগী মীৱাবু লৌহুনা
ঐহাকপু ইস্নোকে খল্লবরা ?

( ময়াইকনব নুংশিব )

খৎন খৎনরগা হেল্লে নুংশিব
শাউন-শাউনরগা হেল্লে পাম্মুব
খৎনদব শাউনদব নুংশিবহুবু নুংশিবরা ?

থক্ল থক্লগা হেল্লে থৌরাংব
উর-উবগা হেল্লে উনিংব
নুংশিবগী ময়াইদি নুংশিরগত খঙগনি।

হংল হংলগ লৈত্রে পাউথুম
য়েৎল য়েৎলগা হেল্লে চময়ব
নুংশিব করিনো তাক্লগবু খঙগদরা।

কুইর-কুইরগা কাওগদ্রা মথল্লুই
তান্ন-তান্নগা কোকদ্রা মৈচাক
অরেম্ব ওইবমলে পূন্নক খল্লুবস্ত মঙারে

## ( অহিঙদ )

হে অহিঙ নঙ লাক্লবরা
ঐবু পোত্থাহনগে থল্লবরা
মাবুদি করিগী পুরক্লবা
ঐদি তৃম্মীংবস্তু ফাউররোই ।

চিন্তাগী পোংলুমসে থারগে
মীকুপ অর্নীদং তুমজরগে
হায়খিবদাই নঙোন্দা ঙরাংস্তু
করিগী নথস্ত লাক্লব ।

মাগা অমুক্তুংদি উনজগে
রাহং অমফাউ হায়জরোই
মাগী মীংয়েংদো উজগে
পুকচেল হোংলবরা থঙস্কগে ।

হল্লো অহিঙ ঙসিস্থ
ঐবু পোত্থাহনব ঙম্নরোই
হয়েংস্থ অস্থম ঙাইরমগে
হিংব থোক্লব ঙসিসিনা।

বাখলনা ঙাউরবা পোত্থাফম খঙত্রব
লোইগ্রশস্থ মপোকসে মীংচৎপু থিরব
তূম্নীংবস্থ চেনখবে লাম্বস্থ পোক্তরে
থম্মোয়মুংগী ইহুলসে লেপথ্রগনি শোয়দনা

লুংশিবী নঙনা করম হিংলিব
কুইরেদা উদবা নপাউস্থ তাদব
নৌরবী হকচাংনা চৈনাবু থাঙবদো
করম্নবু থাঙলিগব অয়োনাহে চনহ্নুনা।

মপাম্হোংনা অমা মন্নুংদা অমা
মীনোক-মৈশানা চাকপদা কেম্নরিনি
থাক্লবনি লাং ইশানা থল্লরিনি
শিরশি শিঙমদা পাইগ্রশি পাইঙমদা॥

নঙবু পুহুনা খুজেঙবু পায়হুনা
অথাপ্পদা চৎলম্মী বাখলগী মঙলান্দা
অচৌকপা উমংদা কনা উরক্ত্রবদা
কপমীম্নথি ইবানী শীম্হমিম্নথি পিরাং॥

তুমদি-তুমদ মঙলিব মঙসে
কয়া কুইনা মঙখিনি অশুম্না
হিংব-ঙক্রবদা শিবা হৌনশানি
লাক্লো চান্নবী মহুনা অচুম্বনি ॥

উহুনতা মরৈরে নঙগী মায়খোঙ
পিরাংনা চোৎলবা, শন্নাংনা চোইরব
কখোক্লগে পুন্সি থম্মোয়সিগী মহাকথক
পূরগে থল্লি 'চান্নবী' নঙবু খুংশন্না

( গুলী )

কদায়, গুলীদো !
তুম্নবগী গুলীদো চারগে,
লোয়না পীরকউ
নুমীৎ তরানী চানবদো।
তুম্নরোই মতুতনদি,
থাকহৌরম্নু মথাক নুমীৎ কয়াগী।
বস ! কমদোই
লোয়না অমুক্তদা চারেদো।
পঙথরক্লনি মথং মথং শিংলী পুম্বা
কায়াৎ পুম্বা ঙম্মা পোত্থারনি।

ভাউরক্লে ইকোক ভমদরে লেক্স
উষ্টথরে ইম্রীৎ পঙখরে ইনাকোং
উদরে ভাদরে মপানথোংগী পুম্নমক
আহূঃ কয়াদ করবা
ইয়াং য়াংলে হকচাং
লশিং মকোনগুম পাইরে মালংদা
পাইরে পাইরে য়াঙনা পাইরে
ভম্রবোঙ থাম্ব কনানস্থ হৌজিক্তি
ইনীভতমলে ইশা পাল্লে
কদায় য়োনা পাইদৌরিব
য়ৌনীংবদি শুপ্নগী চাম্নবীগী নাক্তনি
নীংজরিব লাইগী নাক্তস্থ নত্তে।
কুবেরগী কোম্নুংদস্থ নত্তে
শুপ্নগী চাম্নবীগী মনাক্ত
উরে, উরে মহাক
য়োংলী তারানা থাজম্লবা মফমদা
মখুৎ অনী তুংবুম্নবা পুন্দুনা লৈরে।
তারীহরা চাম্নবী
চাউ শুলীশে, লোয়না চাউ
ঐগুম্না নঙস্থ পাইব ভম্রনি
তুংইম্লকও ঐগী ; য়োথ্রশি অথাম্নদ
মুংশিববু হঙ্গোইনা য়েংনদব লমদমদা।

অহুনি অহুনি

লোইনমক চাশীল্লো চান্নবী

কুইবরোই নাম্বোক্লগনি নঙহু ঐগুম্মা।

কমদোই, কমদৌরকই নশাদো

পাইব চৌরক্লবা নত্তরা

লাকও লাকও কয়াদ হুংঙাইরবা

নঙ-ঐ ইনীংতম্মা পাইমিন্নথ্রশি।

ফজ্জদরা য়েংঙ্ মথাদ উরিবা

কৈকোল-ইলকোল চীং পাং তুরেল

শঙবান্নরবা উমং-বামং

য়েংঙ্ পুক্লীং হুংওনদরনে।

করিনো সিদি, হকচাংসে চোকথরক্লে

ঈখৌলাংব ফাউরক্লে

খৌরী চরম ইকঙ কংথরে

পাইৱ ঙমলোইদৌরে খৌরাংবসিনা

লৈখা কূমহুনা থিরুখিগে লাইজ।

কোয়না পাইহুনা ঐবু ঙাইরমখোকো

লৈরমখোকো চান্নবী

ইখৌলাংবসে কোকলুখিগে।

কুমথরে ঐ কুমথরে

করি মত্তৌনো সিদি

মফমসিদি লৈঙোয়লমনিনা

কদায়দনো থিরুদোব লাইজ ঈশীং
বাবনম্ভু লোইরে থাংঙমদরে
শ্বর হোনবস্থু ঙম্লক্করে
ননাক্তা অমুক লাক্লগে চাম্নবী,
নঙনা কৈদমুক পাইশ্রবা
ঐনা কৌবসে তাদরবরা
খোঞ্জেলবু খোক্তে কৌরীবসিন্থু
ঙমদরে ঐ ইশাসে পুব
চাম্নবী, চাম্নবী, চা-ন-ন-বী।
ইথস্তফাউ তাজদ্রবা খোম্হোকসে
মতং মতং কৌতুনা থাংলৌ
পুবঙমলক্তে হুকচাংগী পোৎলুম
হায়থরকলে লৈথাতম্না,
শারবা লৈঙোই লমগী লৈথা তম্ন',
কনবীয় ঐবু কনবীয়
চাকথেকগ্রগনি ঐবু মফমসিদা
য়োরে যোরে মৈশা-ফংলকলে
নঙবু কৈদনো চাম্নবী
আহঃ পাঙ্গল য়াউরে
লৈকংলাগী লৈঙোই মহুঙদা
ফ্রীং ফ্রীং চোংলি ঐনা
মৈশাসিনা লোইনা নমহুৎথরে

ঐ, ঐ ওইদরে
ঐ, ঐ ওইদরে
ফরে লৈক্টৌরশন্নু ঐগী হুকচাং
কাথেক্কনা লৈকংলাসিগী মৈশানা
থবায় ঐনা ননাক্তা লাকলে
ফরে মসিনা কনানস্নু য়েংলম্নোই
অরাম খোঁয়াংস্নু অমুক পোক্লরোই
অবা অনা অমুক নংলম্নোই লম্বীদা
চাম্নবী ঐ লাকলে
ঐনদি উরে নঙনদি ঐবু উদ্রবরা
হায়য়ূ নঙনদি ঐবু উদ্রবরা।
করিগীনো অহাংবদা য়েংলীবা
কনাবু থিরীবনো চান্নবী
ননাক্তা লেপ্লীবসে ঐনি, ঐনিনে, চান্নবী

( শাউরবরা )

ঐগা উনরল্লোই করিগী বাশক্লিবা
খঙহনবীরম্মু মরমহুতংদি অমুক্তা।

ঐগী রাম্ন তাররোই খল্লবরা
তাকপীরম্মূ মরমহুতংদি অমুক্তা॥

ঐনা লানখিব করি লৈহুনা
লাপথে'ক্লগে খল্লিবা অহুকলায়না।

নঙগী করম্বা অনৌব আশানো
রারৌজরোই তাকপীরম্মু অমুক্তা॥

নোংমতং উদবদ লৈঙমদে হায়রদাই
ইপাউবু তারগ পোত্থারি হায়বদাই।

হোংখিনি থাজদ' হোংখিব থম্মোয়দো
রারৌজরোই তাকপীরম্মু অমুক্তা॥

( নঙতনি )

নঙ য়াউদ্রব পুন্সিবু
হায়য়ু, কৌখিদরা পুন্সি
নঙ অমা নত্তনদি
অরেম্বনি মালেম।

থাবল য়াউদ্রব থাজ
কৌনবরনে থাজ
থবায় লৈত্রব হকচাং
হায়নবরনে মীওইবা।
থবাই হকচাং তানীগী
মরী অত্তনি ত্নুংশিব॥

থবান্মীচাক্তি লিশীং (২) নি
অমত্তনিনে থাজদি
ইরাং কৈথেলদা হারিব
শকী লাইথিবী কয়ানি
থম্মোয় পানবদি নঙতনি
থঞ্জকরবনি ঐনা

( অমম্বলম্বীসিদ )

অমম্ব লম্বীসিদ পুবিরগ ঐবু
লম্মথাঙদ করিগী মাঙখিব নঙদি।

পংলব থম্মোয়সিবু তম্বীরগ মুংশিবা
করিগী মুংশি-থঙদব শাখিবা নঙদি।

লমলানবনি থঙনা কথোক্লুব পুন্সি
মঙলানগী তাইবঙ ওইহৌরে ঙন্সি।

পল্লোন লাম্ন চৎথ্রবা নঙগী মায়কৈদ
পীরোয়ননা য়েংহৌরে হল্লকখিদরা।

খেম্নব কয়া কাউত্নুনা অতুঙৈ ইবানী
মুংশি লীপুম্না পুল্লুরে থম্মোয়'নী।

নখুৎমক্লা ঙসিদি থদৎপীরমলে
শাম্নপোৎকুম নঙনা লংথোকপীরম্লে।

## শাউনীংলক্কে

ঋরোব হৈতব থম্মোয়সে ঋরোয়ে
অশাউব থংত্রব মুংশিবস্থ শাউরে।
তাইবঙসিদ হিংলিব মীওইবনি এ্রস্থ
ঈ-তোংনা শাব হকচাং ঐগীস্থ পানবনি।
থাঙহুনত লৈব ঋাহুনত লৈব
হাকমল্লে হাকমল্লে চান্নবী হাকমল্লে॥
ঈয়াং ঈপাক্তা ঈরোইহুনা পেম্হোকপা
অশুক ঋানা থাঙলিবস্থ উবীদা।
য়াদেকো হায়খিব থোওংদো ফত্তব
হম্না হম্না মীৎমাংদা তোরগে মতোব।
হমাঙদনা নোকশীন্না ইতুঙদনা খূতুম্‌শীঙ
ঙাইহাকী অপাম্বব ফংনব হোৎনব
য়েক্লবনি থঞ্জরগে লমনবু শিংলগে
য়েংলগে নঙস্থ কয়াম্বু মুংঙাইবা
থঙবঙম্নকপরা ময়েংউ নরালদো
থম্মোয়হুদা চৈনা অমুক পাল্লবদা।

( খঙলঙ্কনি মতমদুদা )

থম্মোয়ন্থুংগী চাক্লিব মৈরীসিনা মুৎথ্রগ
চাকহৌগনি চিতাগী মৈরী অরোইব ওইনা
খঙলক্কনি মতমছুদা ঐনা কয়াদ বাজখিবা।

মীংলুগী শীন্থরিব পিরাংনা লেপথ্রগা
শীন্থরক্কনি পিরাং নোংদোল লীক্লা ওইনা,
উরক্কনি মতমছুদা ঐনা কয়াদ কপচখিবা॥

থম্মোয়সিনা মচেৎতানা কায়খিব থোক্লব
ফংলরোই থিহুনস্থু থাজবদি মালেমসিদ
হায়হৌগনি মতমছুদা ঐনা কয়াদ চাকহনখিব॥

নোক্লরনি কিবনা পাঙ্গলস্থু থোকখিদ্রব
অমুকহন্না নোক্লরনি নঙবুদি নথম্লতা
ফাউরক্কনি মতমছুদা নঙনা কয়ি লানখিবা॥

(লৈকোলদ)

লাক্লোনে শকহেনবী
  লৈকোলসিদ ফম্লসি
ঐবু পোথাহনগে থনবদাই
  থম্মোয়সিবু ইণ্ডহল্লগে হায়বদাই।

চাম্লবী নঙগী নতম্বাক্তা
  ইকোকসে থমজুনা হিপথরগে
শকউ মুংশি ঈশৈ
  নঙগী ঐগী হৌগ্রব মপোক্কী।

তুমিদাংবাইগী নামীবনা
  হৈনম লৈনম য়েল্লবে
তারমদাই কোরৌগী মঙালদা
  মহৌশাগী শক্লোনসে শুমহৎলে।

করিস্থু হায়রোই ঐদি
  অশুম তুমিন্না য়েংজগে
নঙগী চেংলৌ ময়ায় কারব
  মহুবু হেনগৎনব মহৌশা।

মীওইপোক্কী মুংঙাইব
  থস্মোয় পাল্লুবগী থঙজব
নঙ-ঐগী উনরিব মীকুপ
  তাঙনা লাকপনি যুগ কয়াগী মতুং।

কনা লৈত্রে নোক্কবীনব
  কল্লক মিহৌব মথোয়স্থু মাঙখরে
চিংনব পূম্ব থাদোক্লসি
  তপ্পব ঈচেলসিদা তাউমীন্নরশি মুংশিবগী।

( পঙ্গাগী শেংলব ঈচেলদ )

নীংশিংজ্রবরা মেনকা
অচুঙৈ মীরমচুদা চংপদা
চংলমদাই নঙ-ঐ থংনখিবা
কপখিবদো উপায় লৈত
মাঙলে, লোইরে বাজচুনা
নিঙমদ' থাদোক্লম্বদো ইরমদম
পুখিবদাই অরোনব তম্বীর
নঙগী ঐগী মুংশিগী শাক্ষি
ঙম্বরা য়েংগে পোখাব থন্দুনা।

থোইনা হেন্না চাকখিব
য়েংল য়েংলগ তম্বীরদো
য়েংলরোই কদায় য়েংখিসি কদায়।
চেল্লীবা রেলগাড়ীনা পুখী
অসুম অসুম খাপতোকখি ঐঙোন্দগী
হেন্না হেন্নচুম কপখি থাপ্তোক্লগা
গঙ্গা তুরেলবু লানবদা
ইম্বুখি তম্বীরদো ইয়ায়দা
মপোকসিগীদি ওইররোই থুংনব
হে গঙ্গা লাইরয়েনগী তুরেল
নঙদি মক্তুবীনি নঙদি শেংজবীনি
মকত্রব মুংশি-শাক্তিসিবুস্থ পুথখরো নঙনা।
থোঙনাউদা য়েংথোক্লুনা
মুরুম মুরুম শোনখিবদো নঙনা
শীন্থবকপা পিগী ঈচেলস্থ
গঙ্গাগী ঈচেলদা থাজদনা তিনখি।
অচুগুম্ব মুংশিবদো
অচুগুম্ব মৈচাকতো থম্মোয় অনীগী
করম্মা মাঙগনি করম্মা লোইখিনি।

( লৈপরেং )

মুংশিব কৌব নিশাদো
থক্লুবনা ঙাউরবী নঙনি
উরুব খুদিং থেংনরু খুদীং
থনখিদো মানা পাম্লীদরা

ফজব অমত্তং অহাউব অমত্তং
পীনিংবনা মঙোন্দা লৈতাখিদে থম্মোয়
নোংমা কৈথেল পোৎলক্তা উথি
লৈ-পরেং থরা লৈরাং মথল কয়াগী

ফাউরকখি অঙাউবা ইথীল লকান্নুংদা
মাগী ঙকশমদা হুক্লবদি পরেংসে !!
করি থম্নুরুদনা মী কনা উহন্দনা
শেলবু লংশিনখি পরেংহু পামহুনা

নংহৌরোই মতাগুম তম্না হাপখি
নওগী "হেত্ত বেগতা" হুরান পোৎকুম ॥
কয়াদা বানা পুন্থনা চৎখিব মনাক্তা
মী অতৈ উগ্রগা হংলকনি কনাগীনো

মাবু কৌথোকখি অরোনবা ঈঙ্গিৎনা
করিনো হংলকপদা লৈ-পরেং হুকে হায়রুখি।
নোক্লুম নোক্লুনা চৎখি থৌশাদনা
তঙাইফদব থবক লৈরে হায়রম্লগা।

হল্লকখিদরা ঙাইনা ঙাইনা হল্লকখিদে
তগৎ তগৎ তেক্লম্ব লৈরাংশিং থুইথখরে
ঙাউরবী হায়বহুরা ঐসে থল্লহুনা
কনা খঙহন্দা লংথোকখি লৈ-পরেংদো।

( লৈগী দোলাই )

লৈগী দোলাই তোংছুনা চৎখরে নঙদি
তিংথং 'থক্তা ঐদি থাঙহৌরে মৈচাক।
খঙথিদরে থম্মোয়সে অরোইব মীৎকুপফাও
চীংন-লৈচিল্লক্তা হুমদোক্লম্লে অশুম্মক্ ।

লাকথিবনি হায়গে থম্না হায়নিংব কয়া
তাংগদোব নঙতনা চৎথিবনি তাবীদনা।
হাংহৌরে মালেমসে নঙঅমা লৈত্রবদা
ইথত্ত-থল্লম্বনি মীৎয়েঙ নঙতনা অদুদৈ ॥

মমহৌরে পুন্সিসে মুৎথ্রবদা মঙাল নঙনা
ভাল্লবোই মঙাল অমা অদুদৈগী নত্তনা
ঐনা কয়াদা ৱারীব শিশি শিঙমদনা
অরেম্ব তারে হৌজিক্তি তেংথা নাওইরীবা।

( নঙগীদময়ক )

ঐনা কপলি নঙনা নোক্লনব
ঐনা চৎলি নঙনা লৈহৌনব
লৈহৌব নঙগীনি লৈকোলগী ফজব
চৎলব ঐগীদি থনম্লবনি লোইনা।

মোংফমথক্কী ফুরাদা ইরম্লগে
নঙগীদমক্তি চৎলিবসে ঐহাক্না
থাদোক্লে ঙসিদি আশাগী মঙলান
হেনগৎনব ফজব নঙগী মঙলান্দ॥

শক্লমগে ঈশৈ অসিময়তং তোয়না
নাকেন্থাগী কংলব উনাগী তাম্থাদা
কপ্লব নতেকো ঐহাক্কী ঈশৈসে
মপুঙ ফাহনগে নীংজবনি নঙগী মীনোক॥

ঐগী ধর্ম্ম )

ঐগী ধর্ম্মদি নুংশিবনি
খৃষ্ট্যান নত্তে মুসলীম নত্তে, নত্তে হিন্দু
অমত্তংদা নুংশিরুবনা
ঙম্নকপনি শন্দোকপা পাক-শন্না।
মৈন্নুংদা ঈকলৃরবা সনাগুম
মৈচাক কয়া খাঙলূরব অবা'কয়া নংলূরব
নুংশিগী থম্মোয় মঙালবু থোক্লে।

কল্লকপা মাঙথরে মীহৌব লৈতরে
নাপল য়াউদা তেংবাংজব তমহৌরে
য়েম্থোকপা হৈহৌরে মুংশিব জগৎতা।
ওইব য়াদে ইথন্তুগী
লোৎপা য়াদে থম্মোয় লকাদা
হিংমিন্নশি পূন্না তেংবাংনত্নুনা অঙম অঙম্বা।
লৈন্নাংনা পোমলিউৈ লৈনমন্থু লোৎলম্মী
লৈরাং লৈশাৎ তমগ্রবদা লৈনমদি শন্দোকপ্রে।
লৈশকনা শুমহৎলে লৈনমনা ঙাওহল্লে
থম্মোয় খুদিং শাৎলসন্থু লৈরাংদি মুংশিব।
য়েক্লবনা কনানো য়েংথীবনা কনা
থম্মোয়বু পাল্লব ঐগীদি মরুপনি
ঙসি থঙন্দ্রবন্থু হয়েং মরৈরি
নোংমদি ফাউগনি চিনিচম্প্রাগী লৈনম।
মাঙ্গেমগী কাচিন কোয়া খুদীং
চিঙ্খব লৈতনা শাৎলশন্থু লৈরাং।
মুংঙাইব থিবদা ব্রাবব মীওইব
থঙলক্লসন্থু অশেংব মুংঙাইব
ঐগী ধর্ম্মদি মুংশিবনি অশেংব
খেন্নব য়াউদ্রব তৌশিন্নব লৈত্রব॥

( অরাবকৌব নঙবু··· )

কনা লৈতে অশেঙব মরুপ
  'অবাব' কৌবসে নত্তনা তাইবঙদা
মাতনি, থাদোবপ-লৈত ইম্নরীব
  খোংথাঙ খূদিং পুন্সিগী লম্বেলদা ॥

'হুংঙাইব' মমীংত ফজব, মচংতি থীগ্রব
  লমচং নাইদবী কনাগুম্বীগী শক্লোন্দা
মীকুপতং লৈরম্লগা হুন্দোক্লুনা চংখিব
  লৌখি মমলদি মতীকচানা, মুন্দুনা ॥

অরাব নঙগা তীম্নজরগা পুন্সিসে
  ঙমদব কয়া ঙমখিদো অনিঙব কয়ামা থম্লিদো
রায় হায়ব খঙনা তাইবঙনা হিংনী·লি
  হুংঙাইতে খঙনা শিববু কনাসু পাম্নদে ॥

করিগী অশুক হঙ্গোইনরিব অশিব নঙবু
  শিরনি খঙলব মীকুপ্তুফাউ চৌংগে লারুরি
অরাব কৌব মরুপ মাগী তৌ'ঙম্ব
  অঙকপদি লিচৌংনি মাতনা পানবনি।

## রোবোট্টতি নত্তেদনা

থল্লি য়াম্না থল্লি
হঙ্গিল হঞ্জিল থবক হাঙবদা
হিংবগী কান্নব করিনো
শিরগনা মাঙজব করি।
থনবমখৈ থল্লগা
লৈহৌই ফল তাদনা
পাউখুম অপেনব অমত্তং
ফংজিদৈ শিরনি শোয়দনা।

হায়নব কয়া লৈরি
  থেংনরি পাউতাক কয়া
পেনদি পেন্দে মখোয়হুদা
  ফনানো ঙমগদব পেলহনবা
পোকপদি পোক্লি কয়ামা
  কয়া কয়াস্তু শিরি উনা উনা
পোকপদি থুহুম চল্লে
  শিববুদি ঙমদ্রি ঙম্নরোই।

গীতানা লাউরি লেপ্তুনা
  থমুন্নু, য়েংলুন্নু, থবক্তি তৌ
করিগী লৈরম্বা বুদ্ধী
  থন্দব য়েংতব তারবদি
রোবোটকুম বাথল য়াঙদনা
  তৌগদবহুতং তৌরগা লৈগদরা?
অপাম্ব, মুংশিবা, মুংঙাই
  থঙহনবীরম্ব করিগী জীবদা?

## লাইবক-লাইবক

ফত্তব তৌদ্দু অফব তো
 যানীংই ঐস্নু নঙস্নু মান্নু
ঙগ্নিমখৈদি তৌগনি অফব
 ঙমদ্রবদি ঙমদ্রেদনা, জীবনি।
কাবু হেন্দ্রবদি ফত্তব লৈরোই
 মফম মতমবু চারদি অফব ঙাক্লি
কাবু হেন্না কিশিল্লুরবদি
 চাহুনা হীংবস্নু পাপনি।

হিংনব লাকপনি হিংব তাই
  শিন্রিক্ষাউবদি তিংব মতাবনি,
হিংনবগীদমক পোৎচভ থরদংদি চঙঈ
  ওইঙ্গখিব কৌরদ্রা মদু তানবদা
পাপ হায়ববু করিনো
  চিংনরিসদু নত্তরা কিরিবদু নত্তরা
পুন্য হায়বদুদি থঙদে
  পাপ নত্তবংখৈ পুন্যনি য়ানিংদে।

অতৈদি থাজদে 'লাইবক' নত্তনা
  লাইবক থীব-ফব অনীগী খেন্নব থঙই তশেঙনা
লাইবক্কী কুম্মৈ ঙাক্তনিবু চায়নীংই
  রাজুনতা লাকপনা চপচানা খঙই মদুতংদি
ইরুক্তনীংঙদা থেঙ্‌গ্রাবু তেকইদো
  লাইবক ফব মখোয়দি পাপপু চেন্দে।
লাইবক থীব নঙ ঐদি অরেম্বনি পুম্নমক্
  লাইজ ওইরবোই তাম্নরুব লৈঙোয়লমগী মীরেলত
    ওইরম্মী॥

অচুম্ব-অরাব, মীনম্ব-নুংঙাইব

মতেঙ পাংউ লাকই মী কয়া
অঙম্ব থবক্তি পাংগে য়াকুই।
মতেঙ পাঙব হায়নৈ পুন্সনি
মীগী মনীং থুংহনব অফবনি।

অরানব থবক ঙাক্ত ওইরমই
মতেঙ পীরবদো পাংবিয়ু হায়না।
ঙমলোই হায়রুরে শাপপু তৌরগই
চৈরমই তৌবীমল থঙদে, মতীকচাদে।

অচুম্ব থবক্কা অকব লম্বীদা
ওমজ্ঞমখৈ তেংবাংগে চল্লকখো চায়খি ।
অচুম্ব চায়ছুদি মতেঙ চঙ্গদে ছায়রম্মী
অকব থবক্তি মথন্ত মপুঙ ক্ষায় তাক্রম্মী

চুমন্থু চুমগ্রাব বানি থহ্লৌই
মতেঙ পাংলম্বনছুম ফব্রদরা শোহ্লৌই ।
তাক্রম্মী পুল্সিরোল সমাজগী চংনরোল
অম্রানব তৌবছু কৌবনি তেংবাংব ॥

থঙনা থঙনা চিংশিনখি থম্মোযসে
ফজব-অহাউব মীহৌব লৈরাংশিংগী লৈকোলদা
মসিবু কৌই ত্বিংব ভাব তারকই
ঙনগ্রে ঙমগ্রে অরানবনা অচুম্ববু ॥

কপাহল্লে নঙনা অঙনব পুন্সিদা
নোকপফাউ হৈত্রিঙৈ মপুঙফানা ।...

*

নঙ য়াউদ্রব পুন্সিবু, কৌখিদরা পুন্সি
নঙ অমা নত্তনদি অরেম্বনি মালেম ॥...

*

নংগী আশাদ হিংলম্ব পুন্সি
নংগী মৈচাক্তা কেম্মনি ঙসি ॥...

*

থরায়গী পোম্বাদা ৱাশকখিবা
চংখরে মহাক্তি থাজব ঙমদনা ॥...

*

হৈনন্দীচং ওইরম্লে নঙগীদি ৱাশকপা
থাজক্কবনি ঐনা থাজগনৱ ইহৌশা।...





কনানাবু পাগদগে নঙগী শৈরেংগী লাইরিকসে, ঈশৈ ওইনা অদুক তাঞনা তাবনি। কনানসু হায়দে, ঐনা ইথক্ত হায়জবনি।

অপাম্ব। অনীংব হায়বসে অঙকপনি কান্নবনা। কনিনো কান্নদবনা ক'বিনো? ত.জাহল শাকপনা সাতজাহঁদা। ক'প কান্নাখ। 'শকুন্তলা' ইকপনা চনাখিববা কালিদাস ইনাকখুনবা।।

থম্মোয় মান্নব মহাকুন্দ'দ বা খরতংনা রা চাম্ম হায়বগা মান্নে। অংশবনু মনম নৈনা নোনীনা থম্মোয়বু থাক লেম্না থম্বীদব নখোয়ত্তদা। বচ্চবনি ঐগী খুদোলসে "ওন্নী অনঙ্গং থরায়গী শৈরোল" নখোয়তুনা নখ। ইথনবা গাশা পীনীনকশন্ন।

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা মতেং পীবিরকপগীদমক থাগৎচরি। নকপ খুন জয়কুমারনা মখুন য়েকপীবা অদুগা ইনাও পাণিত্রনা মঙ্গুংগী লাই যেকশীবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি।

কে সি নন্দ

১৯৮৬